শ্রী, শ্রী নত্তে ।

# দিরেক্টরগী শাশেনপাউদ

# লৌলালেংনশিং ।

অইপ :

তোংব্রা

# দিরেক্টরগী শাগেমপাওদ লীলালেংবশিং ।

মতাং ১ঃ নকুন্তলা ( শকুন্তলা )

মতাং ২ঃ মেকদোনালদ ( মেকবেথ )

মতাং ১

লালা মীকোক :

১। মি রাখীশাব দুর্গাতি।
২ , মনাউ শোংশো
৩ নকুন্তলা
৪। সুভাষিনী
৫। যেংশানা
৬। ল ইনীংহন (নপা)
৭। লাকনী মচা লেখক
৮। মহারানী
৯। থোডডাকপা
১০। ডাকু

মতাং ২

লীলা মীকোক

১। নিংথৌ পুন্নিব (কসুন) ৬৭
২। রানী চঞ্চলা ( নহা ) ২৫
৩। মেকদোনাল ৪১
৪। লৈমহুল ৫০
৫। অগুম্বা
৬। মজাইঙো মলোমম্মা ১৫
৭। থোংশগুব
৮। মাইবী

বাহৌলোন ( Prologue)

শাগ্নোনব দোকান

১। দিরেক্টর (butcher)
২। লালা মা সেক্রেটরী
৩। অবৈব ১
৪। কালিদাস অরেনব ফিজেং ১
৫। সেক্সপীয়ার ,,

খারোইরোন (epilogue)

কোর্ট মীন

১। জজ
২। জুরী
৩। দিরেক্টর
৪। লালা সেক্রেটরী
৫। সাক্ষী
৬। কালিদাস
৭। সেক্সপিযার

# ঐ, ঐ নত্তে।

শরংকি অয়ুক, '

বাঁশী নেমন খোংব ;
তাঁনৈ : সন খোংব, ভানু খোংব '

ঈশৈ : ( ইলশাবী মচা অনীন শকই : ) '
উংরাক্ক পাইবি চাবীক পংবেং ,
নোংদোন 'ত্রিমান হিগোক শঙ। '
শানৌ ঙকশমদ লিক্লাং পরেং
থবক ঈপোমদ নোংথাং কুপ !

লোংখজিং : তিংগোং কাংগোং !
তিংগোং : মৌ কদায় কৌ।

( শকমিম্নব অমুক ) ঈশৈ :

শাংলি পাংতা থবো থম্বাল থারিকথা
ক্রীক ক্রীক ইম্ন লমমুম্ন
মামা কৈদা ঐনা কৈদ !
শংয়েং পাম্বোম ভানরি
শর্ক তাম্নবি ফিদ.মরি

মচু মনম মখল মথেল।
চীংয়া শেনব মালংবাও,
নথৌ নাইদে নোক্সিংইহৈ।

চীংমাইদৈ পাইথ্রক
লৈশক লৈনম নঙ্গো পো।

মীবান ইম্ফাল তাম্নপু
কোইয়েন যেল্লুই তন্দরাও?

স্কুটব মখোল লাপ্লপ হুইথখি, তুমিন্না লৈ সোকেং ৪।
ইন শোনব মখোল পাৎও

তিংগোং: ঙা লক্ত্রাও লোংখজিং?

লোংখজিং: ফাবোঙা মচা অনীথক, নঙদি?

তিং: ঙাসেব চিবান্দোং মহা অৱথক লকই, থাদোকপিগ্র,
মহা ফাবদি ঙাকংহনবন শাওই।

লোংখ: মখোযন থাকপিত্রাও? কবিগি?

তিং: ঙাসেব চিবান্দোং পিক্লাও মাবু খোনব নঙ্গনে
ইতা। পাংপান তাবী তিংগোং ঐনবু ইঙ্গিংজবদি
মীবান ইম্ফালগি পাখঙ শবি অমত্তুংবু ফাজনীং
চিংজব ইন্নিনে ইতাইবেম্মা লোংখজিং—
(খুঙ্গুং শৈশক্তা শক্লগ নোকমিন্নৈ)

( স্কুটর থৌরকপা মথোল, থাম্ব তায় )

লোং : কনা কনানো মশোঙ কাব ভাশমজেংলা—উকাবীরা অনীদি লাক্লে হৈ ইতা ঐখোয়রোমদা ?

তিং : নঙ তুজোল মচাহুদ হাপ্প চমগত্রা য়েংউ, অপাই হাপখিব ফাবৌঙা অনীহু হৈদোকত্রো, নাম্ন থম্মো, ( লোয় ভাংন থিক থিক নোকমিয়ে )

লোং : থিগংকনু লক্লসিহৈ —। ( লোয় )

তিং : ( হৌনখোংই ) : তিংগোং কাংগোং: (ব্রাশীন মতুংইন)

লোং : মৌ কদায় কৌ !

তিং : পাংগোং লৈরাং !

লোং : ম্রাওশং কাংগ্রৌ !

তিং : নিংশিঙ মঙলান !

লোং : নোংথাঙ কাঙথথাং !

তিং : খোঙনাঙখোঙ মখোঙ !

লোং : ললাম্বুং শিংজুবুং !

তিং : মোইরাং থাংজীং !

লোং : লাংজীং হরাইমতোন !

তিং : কুকু—কূ—উকূ —।

লোং : থ্বাংমৈতং—।

তিং : হা নিংথৌ !

লো : তু কাউবা ও ! ( ব্রাশীন খোংই ! কুকু—কূ—উ—কূ— থ্বাংমৈতং হা নিংথৌ তুকাউবা :)

পাখঙ ১ : মফি মোৎপননি মশক মখোনগদি য়ানি উঝাবু—
পাখোঙ ২ : চহিদি খব নৌরি। লাম্পপ মেদিয়ম সোট-নম্মো। মনাক চংলগা ক্লোজ অপ্তা অমুক নমসি। ঐখোয়ন বান কোইথি থিরুরি, মখোয়নীদি সিদ লমলৈমন ক্বা থম্বিরম্মে।
পা ১ : বাবী শাব মুংঙাইদৌ মাল্লি।
পা ২ : চংশিল্লু কৌ, বান্নী শাসি কৈদৌন ইকাইনি অঙাং ঙাক্তনি।
পা ১ : (খুমুং শৈশক্তা) ওঃ—ওঃ পাংত ইঙ্গিং লোংখোল্লিবী শাম্নৌ ইবেম্মা আ ইনেম্মচাবু ওইহনজনীংবীখোয় লেমলৈ ঙাবু কম্বা য়ায় ফারবগে? শানৌনবুক অশিংপত্নবু থল্লগত্রনে শকনৌবীখোয়?
তিং : (খুমুং) ওঃ—ও; শকপু খঙনত্রিব য়ায়খোব পুকহেনবা, চীংঙম লেমন গাড়ী থুং থুং লাওবিবু থোবও! লায়ব চুদংনবী ঐখোয়দি লেমলৈ ঙাবু তাঞ্জদে, নোংমৈ চবা নোংখম্নবু খঞ্জদে। লাওখংপ ঙমদে নঙ মখা শমখোও লোংখঙ্গিং।
(লোম্ন-হায়)
লোং : শাবি ইবুংঙো পুকহেনব, চীংবু লেম্বা য়ায়খো য়ুম্ফাল কোম্নং লোমদৈ পাইথরকপ খোইবী নিংথোও! ননাইমুবী মচা ঐখোয়ন ইঙ্গিং লোংখোঞ্জরিবনিদি

লেমলৈ ওাবু কাগে খোঞ্জদে, ইধরাইন তাজব ইমান-
মচা ওইব য়াব অনীদং লেমলৈ মাগি লাংমুংদ
লকত্রা য়েংজবনে এ ওকচেংবা।

(খুবাক খুই হুইশেল হুইৎ ২)

পা ১ঃ উঙ্গা মাং থাবিগু, মীৎতা পাইসিন্দৌ মাল্লি কিজৈ।

পা ২ঃ ইচাশা হায়গত্রা ইশুশা হায়গত্রা, তারিত্রা নখোয়বো?

তিংঃ তাকপিপি তামো?

পা ২ঃ আই! চুম্মিনে, পাখঙ লাওনে।
নখোয়বু ইচক্মা নমিং করি করি?

তিংঃ ঐদি ইমিং য়াশ্মি, তিংগোং কাংগোং হেক্ত কৌবিব
য়াই।

পা ২ঃ তিংগোং কাংগোং!

তিংঃ মৌ কদায় কৌ।

পা ২ঃ হৈ, মৌদি পুবক্তে, ঐদি লৈত্রি। নঙগিদি কবি
কৌই নমিং ময়ুংকাবী?

লোংঃ ঈশিংদ হিংজৈ ওাদি নচ্চদে......হেঁ!

পা ২ঃ অত্তুদি কবি?

লোংঃ খওবিত্রিবাও-?

পা ১; কবোকং মপাল্লাও?

লোংঃ মুংশিংত শাংচদে, লোংখজিং কৌজৈ।

পা ২ঃ লোংহুন হৈব তাবে। অহল লমন্দি করি সু চায়?

লোং : মীহোল তারকপদ বাজি উদে। ইমাহু ডাংগলি
চৈগলি হায়নুন ইমুংদ শো লোন থনম্মি।

পা ১ : ইমাবু ইমুংদ ফাজিন থনম্বা ?

লোং : বাজি অম খিব খওজ্রিবা অহুন। য়েংবীনীংব্রা ইমাহুই
মশক ?

পা ১ : য়েংব্রবসু য়াবে নও মালম্মি, নওদি ফজে।

লোং : অহুদি খুড়া ঐখোয়দ চাক চ'ক্লসিদো ?

পা ১ : কোম চাসি, খৈদেন্দ হায় কাক্লখিসি নফি নবোল
লিক-কোল খোঙচুপকা হায় লৈরুখিসি

লোং : অহুদি তিংগোং নও, নখোয তামোগ বাবী ঙকাক
শাহৌখো, ঐ খৈদেন্দগি কিং'ল লৈরুখিগে ঐখোয
খুড়ামচাগ ?

তিং : ঐশু খুফাল খৈদেন হায়বহু যেংনীংই, অত্ত কমাম ভন
পুবিগে হায়দে।]

পা ২ : নও তামো লৈবিবসিদি নওন পাম্ব শেংন লিংনবা
লিককোল সাবী খোঙচুপ স্কার্ট লৈবিনি, ফোটোসু
নম্মসি চৎসি।

তিং : ফোটো নম্বসিবু পুজিগদ্দে হায়নৈ চুম্রাও ? বাজিগ
ইমাগদ খীগ্রে।

পা ২ : কবিগি খীবিবা বাজিগ ইনাগ কৈদৌগ্রবগে ?

তিং : ফোটোদি লৈ হায়ব অনীনকি মশাদি শিগ্রে, ঐন
হাংঙ্খ্রিজ্রা করিনো খঙদে।

পা ২ : কবিগি করম্না ?

তিং : ঐগি কুঠিহু ফত্তে, খুবাক ময়িন্থু মপা মমা চাউ হায়ব লৈ হায়নব।

পা ২ : হেবা কনান হায়বিবনোদা ! নখোয়নী ফিলমদ য়াওরো শেল থুম নফিনরোল বাৎতনবা লৈবিনি।

তিং : হৈগদ্রনে তামো ঐখোয়বো ?

পা ২ : কবি হৈতনি হায়গে ?

তিং : অহুদি তামো ইমামী লভ-সীন হায়হু শাসিদো হৈকোন লৈকোন্দ জগোই ইশৈ শকপ চেনব।

পা ২ : হৈ, ঐদি চহি ৪৫ শুবে নত্তবু ১৪ শুবত্রাও নমান্নব চহি ২০ শুত্রিবগ শাও-ও।

তিং : হা হা য়ো মুংশিনববো চহিন বায়েনত্রাও সহরদা; খুংগংনিন ঐদি তামোবু হেক উবদ মুংশি খোকত্রে কমদোনি ?

পা ২ : ঐঙোন্দ হান্ন তাক্লম্বন্ন'দ্রাও ?

তিং : তাকপকা নংহৌদে ইঙো।

পা ২ ; নৌরিঙৈদা তুমশংনা সংতোকহৌবা য়াবোইদ্রাও ?

তিং : চংসিনবদি য়াই হন্দোকপদি য়াত্রে, একাগাড়ীগুম জাংনি, মনীংহন য়াদব ঐগি মমুংশিদি।

পা ২ : অহুদি লোন লৈনবদি নত্তন, লাপ্ন মুংশিমব তাবেদন, ইংবাজীদ অসুম্ব মমুংশিনবু প্লেটোনিক লভ- কৌনৈ।

তিং: মুংশিনববু প্রেট্টা পাংখোকলাদ হাপ্লদি ওইজে। ঐ লৈহৌবগে লেংখ্রো তামো।

পা ২: নঙ যাওদব যাদবনে সম্প্রেশী শানব।

তিং: অহুদি তামোন নিংথৌ তুকাউস শাবিবো।

পা ২: শাগে, চৎসি লাও এফাগাডী থৌবী।

( স্কুটব অনি স্টার্ট তৌবগা চংখি )

স্কুটরদা তোং চৎনিম্নখি ইশৈ।—

পাখোন: থিবগ ফংদে, তাবম্ম খুল্লি,

পি: শিংঙল লৈগাং অনীহুম,

পুম্ন: খিবগ ফংদে, তাবম্ম খুল্লি শিংঙল লৈব অনীহুম

পা: মীনা নীংজৈ ঙানোই,

পি: লাম্নন তম্বি থবোই নীখা।

পুম্ন: মীন নীংজৈ ঙানোই, লাম্ননা তম্বি থবোই নীংখা।

পা: নোম্বদ কল্লু শাবি শানৌশা।

পি: লাইজা লাংওন থবাই কোকপি।

পুম্ন: নোম্বদ কল্লু শাবি শানৌশা, লাইজা লাংওন থবাই কোকপি

পা: নম্বো ফংনি ননঙন্দা

পী: লাইগি নোংদম কনা খঙনি

পুম্ন: নম্বো ফংনি ননঙন্দা, লাইগি নোংদম কনান খঙনি

( নোকমিম্ন গাড়ী থৌখি:

তাবকই: বাঁশী মখোল )

মন গাঙ্‌চীং মখোল "অব-রব, টি টি, টিটি"
লাপ্ন ষন্নাও ষোংবম্নু তান্ন।

লাব ( লাওন পাবি ) : অহল লমন্ন তান্ন :
মবম ওকউনে নহাশা
অহল মতৌ তমজন্নু
ইন্নুং লেন্নে ঐখোয়দি।

চানী‚বদ চাবনি,
থক্লীংবদ থক্লনি
খাংলকইবা কুইরেহৈ )

সেঙ্গাও মচা ( মাইকৈ লাপ্ন) হৈ নিপা, লাবা, তাবিত্রা?
নখোয় পুপু চংপ্রবাও?

লাব : লৈযে চংখিগ্রিবে (মাইকৈ লাপ্ন) ইপু সেঙ্গাওচা, মোন্ত'সিদ ফন্নো। ঐ কৈনোমা পাগে, চুম্ন্রা অমুক্ত তাকপিবম্নু।

সে : নন্ত পুপুব কৈদৌরিগে? কদাম্ন লৈগে?

লাব : রাখোন্ত চংখি রাইশওব, ওহাক্ত ফম্বিখো কৈনোমত তাকপিবন্নো!

সে : কবিনো পাবো তাবগে?

লাব : অহলন হান্নবনিকো পুপু—
মবম ওকউনে নহাশা—
অহল ইতৌ তমজন্নু—
ইন্নুং লোন্নে ঐখোম্নদি

চানীংবদ চাবনি
থক্লীংবদ থক্লনি
খাংলকইব কুইরেহৈ!

সিবু চুম্বানে পুপু সেঙ্গাও?

সেঙ্গাও: নহা নচা নখোযবু থাকপ যোকপ ওয়্নব চানীং থক্লীংব শেৎনীং শানীরব কয়া কয়া খাং অহল ওইবকইবানে। অরা-অনং কয়া খাংজ হন্নুবর-ববী-শিংবু শিত্রিচৈদ খব পীজ পীথকপ চানীব চাজহনব চুমজ্রাও?

লাব: নহারোলগি অমুক তাও পানক্কে পুপু?

নহান হায়্রবনিকো:
মবম্বূদি ওকশিন্নগে ননাংদা
নতুংদদি নতৌ তম
মৈখু-যু-কানী-জ্রগ
কয়াম হাওই থওনীংই।
চীনফেং ব্রারক কান্নদে
নখুংকি থুন্থুং ইঞ্জগে।

সেঙ্গ: মঙ্গু লাল্লি লাব, ওক্তব থবক্তি মতৌ ৎমারৗন নত্তে।

লাব: মীতৌ তমগনব নহাগি মমাংদ হন্নুবব অহল পুপু খোয়ন ওক্তব থবক তৌব চুম্বাও?

সেঙ্গ: চুম্বূদি চুমদেনে লাব মবে।

লাব : চুমত্রবদি কৈদৌন মৈখু থকই, খুন্নু তুনৈ ? ঐখোয় ইমাস্নু খাজিস্নু লৌস্নু হিঙ্গোলস্নু ওখাই অম পুপুন জুন্নারদ য়েন কাওনব খুন্নু তুনবদ থাদোকপ্রে হায় চুম্লাও ইপু সেঙ্গাও-মচা ?

সে : হৈ, অদু য়ৌনদি ঐ খঙদে, খর মাংপ্রে হায়নবদি তায় নখোয় পুপুসি।

পুপু (মাইক্তে লাপ্ন) : এঃ ! ইবো সেঙ্গাওচা লাক্লব্রাও ? চৎলসি ঐ লোইরে। ওবাং পন্নব পোৎতুগি খরদি পায়রকইনিকো।

সেঙ্গা : খরদি য়াওরকই ঙাধন।

পু : হৈ নিপা লামচা ! নও পুপুগি কওক্রে ঙাম্নক অমত্তং হানবিব য়াব্রাও ?

লাব : মৈখু থকপ ফত্তে, মাইকৈ খুদিংদ লাওনরে, মশা খর ফনব ঐন মুংশিহুন পীথক্কবনে। ওসিবু পুপু নখোয় খুন্ন তুনফম করি লৈকাইদ করি খুন্দ তাবগে ? জুন্নার শান্নবদে ঐখোয় ইমুংসি কয়া নালবগে ? ওক্তব থবক্তি থাদোকপ ঙম্নব লাক্লস ?

সেঙ্গা : চুম্মি লাক্লদৌবনি, জুন্নার শান্নব মাঙ্গল্লি ফত্তে। নও পুপুসি লাব নওন খর য়ারক য়াতেমত্রবদি ওরোই-দৌরিদা !

লা : পুপু সেঙ্গাও নওবুস্নুনে ঐন য়ারকলিবসে। জুন্নার শান্নরুসি, ঙাওশিন্নরুসি হায়হুন ঐখোয় পুপুবু হৌব লাকইব নএাও ?

পু: নিপা, লামচা! কবিনো নঙন হাযবিবহুবো? নঙগুম অঙাংন হন্নুরব ঐখোযদ বাবকইব্রাও?

লা: হন্নব খঙদে হন্নুবী খঙদে ওক্তব থবক তৌববদি পঙলবদি অশিংব মীন অঙাং ওইববস্থ বাবকপা চুমব্রাও? জুরাববু পেন্নবা শান্নববদি চবা হেন্লোই-ব্রাও মুৎলোইব্রাও?

পু: নচে হাতমহুন কদোমদ চংখিবা লাবমচা?

লাব: অমুক ওন্তা চাবা খব বান্নগ ইচ লোখজিং মখোয়নী পাংত ইজিংউনি চংখিবমে, কুমিং তাবগা হন্নকপ্রা কপিনো খঙদে। পুপুগি চাক অযুক্কিদি হাপ্পবোইকো খুমু তুংযনদ নত্তু তৎপা মখিচিংপহুন চবা নোংখন্নবিবো।

পু: মুংদাংগিদি চাক হাপ্পু হাযযুকো নচাদো?

লা: ঐখোয ইচেসে, পুপু লম য়াম্ন হেন্লবনি, কনানা বাবকপিনি?

পু: নঙ লৈবিবদবু মী কনা অমুক মাবু বাবকইম্নবা নেকউদগে?

লা: মঙোন্দ ঐন বাবকপিবসে পুপু, ইশম হেক্ক কোই-বকই। খুমু তুনবদ থাদোকপ য়ারবদি ঐখোয় ইচেসি থাদোকপ্রোবা, মমলহুন ভা লৈ চাগে ইগু ইপু।

পু: নও লাইনিক লৈদৌব কম্না বাংলিবা ?

লা: রামদে তরেৎত ভায়রে, লৈরুনব ৫হ্ খুমুদ পীজকুর-গেরাও ?

পু: হয়েং লৈরম্নি, চাক থোংদোকউরো, হিজোন্দগি য়েঙ্গাঃ হেরুগ! পুখুথোয় চৎলে, মরম ওরু লৈবন্মু।

লা: (হৌন) খুম্ন তুনব হায়বত্থ, জুরাবনিকো, ফুরিৎ-খাওগি দাইবিয়া! থাদোকপ ওমত্রবম্ন্ ফত্তে হায়বদি খওঙ্ পুপথোম্ন-হয়েংপোক্ত কান্নব য়াই।

সে: (ল'রুগ): খওেঙ খওেঙ। রারকপিনব ইশু লৈবসিম্নু লাইবক ফবনি ওকুপ অহল ঐখোয়দি।

তুনিম্ন সেকেণ্ড ৫ (ফাগী শেহেক—, খৈদেন মনিল)

(সিড়া ক'খং থোংথাং—ভায়)

পাথোঙ ২ (মাইক্তে লাপ্ন) ৩প্ন কাথৎলু থোংঙ্প্লো নাম্নুঙ্-নিহৈ। তিন ৩লা মথক্লা পোথারম্মো।

পা ১: নখোয়বু কা চাব হৈত্রাও! অথুম অহাও করি কবি লৈবিরকউগে ?

লোং: সহনগি হোটেলন পুকসি থা ৫ কংলে, মাইবীহুম খৈদেন্দে লৈবিবকও খুড়ামচা ?

(নোকমিন্নে) (চৎখি)

তিং: ঐখোয়ন খুঙ্গংদ ওখা ওমহাই থরোই ফাবগা পুক থম্নবা হোৎনৈ। নখোয়না শা-ঙা-ঘী-থাও মরু মরাং হিঙ-তিহ্নৌ চনম, অথুম অহাও মথেল মথেল।

লোং : চাকপু লৈরবদি মনা মশীংদ থুম নোবোক থম থাক্লগ হাওবপোৎনি, অয়েম্বদ পোৎ য়াম্ন মাংহল্লি পণ্ডগ্রে ইম্ফালসি ।

তিং : লঙ্কাংদ নেম নেম শাবগা ফজদোব দলালসিবু অচিনব লমসিদ মথোল মথোল শাগৎ চীংমীগ বাংব ভান্নবি, কাথৎপদ কলাপ ভাহৌনব !

লোং : দলাল মতোমসিদি তেলঙ্গা পাইববদি বাংনিকো ? ভাইখো তিংগোং, মথোয়ন লৈবিবিব সাবীজোন জোন. ফনেক কলাগুকক, ফুবিৎ মতং হকচাং ৩প নপ, হকচাং অকুৎ অতোং মিংশেল, মাইবাও উফুল, তেনবা মচিল, থাওমনন, সনা তৈব ভকভান, নাযান ময়ামসিবু যুমদ পুব য়াবোইদো জাংলাও ? ইমানীবু লে'ম্ন চেলহৌসিবাও ?

তিং : চেনব ওমদনব ইমানীবু খুনীংবাংবী কাক কাক তোং-হল্লিবসিদি ? মথোয়না অসাই মাই মীৎত পাউদর থাবিব, ভক্ত লিক শিবিবা চিন্বান শংবিবত্নু স্বাই স্বাই লাওই হৈনদে, যাম হাকজৈ ।

লোং : খাংগদোবনি হৌনবিনি হায়, লীলা সিনেমা যাওবদি খুজিন্না শিক্লবস্থ অয়ো লাবে য়াদে, পোৎলোই শেৎপিবদা পুক্ত য়েৎতুম্ন ফোংপ থর য়াওগ্রবস্থ তুমিন্ন লৈথোক্তদোবনি । মথোয় সহবসিদ শেৎনবিব চান-

রিব, ঙাংনরিব, শক্লরিব, মাইদ তৈনরিব, সহরদ ভৌনরিব পূন্ন ওইদব ঙাকনিকো। ঐখোয়স্থু ভিংগোং মখোয় মভৌতম অচুম্ব অমত্ত ঙাংলোইদবনি, তৌ-শিন্নগদবনি।

ভিং: অত্তবুদি লেংখজিং ঐখোয় উঝা আনোক্ল সহরগি অর্থ করিনি হায় খণ্ডব্রা?

লোং: য়ু থকই হায়দ্রুন য়ুঙ্কাল কৌই হায়বন্থবা?

ভিং: নম্ভে, সহর হায়দিঃ সরাসন্ন হুরান্নৈ সহর কৌই—হায়রয়ে, অত্তগা মাংলে কংলৈপাক হায়দ্রুন কপশিন্নৈ।

লোং: করম হায়ন তেংথারিবা? (শকমিন্নৈ) ঈশৈ:

পামুইদকো কংলৈবাক—!

কংন-শেংন লৈজরম্বী
হুবান চিঙ্গীন চোংঙমদবী।

সরাসন্ন হুরান্নবৈ, হুজিক
নমিং ওল্লেদো সহর!
পামুইদকো হে কংলৈপাক!

অঙম অঙম্ব ফাজা চান
ঙারৈবাক্কি হুংফেং
অমোংপ ঈচুম তুংন সহর

(মখোয়নী হীক হীক কপশিন্নৈ

পা ২ } ( মাইক্তে লাপ্প ) হৈ হৈ! কৈদৌবগে নখোয়নী ?
পা ১ } খোইন চিকথ্রবাও ? ( মেমন ) মীনা তাথ্রগ উথ্রগ অঙাং ফাবকপ হূবকপ মানখিনি কৈদৌন কপইবনো হা ?

লো: ইমানী নুংশা থীহুন কপ্পিবনি।

পা ১: কবিগি নুংশা থীবিবা ?

লো: ফিবোল লিককোল ময়াম লিংপি শিবিরগ থনস্নে, নখোযনীন পোং মাংব্রে, থানাদ তাকউবগ ঐখোযবু ফাহন্দোমাল্ল।

পা ১: হৈস ঙাওশিন্নগ্ল, হয়ং লৈশাবী ফাবদৌব নখে য়ন মঙ-হাঙুম্ব বা ঙা ব্রাও ?

তিং: তামো ইমানীবু লাইধী মান্ন লৈতেংবিগ হোটলগী যেঙ্গাং ওইনব হৈজ্রাংনদি শেঙ্গনুবো ?

পা ২: নবুক ফত্তব লৌনু, বাখল অমাংব থন্ন।

তি: দলালসিবু ঐখোয় তামোগিবাও ?

পা ২: নত্ত অবাইবনি, নখোয়নীবু ফোটোজেনীক ওইব্রা সিনেমা যাওব যাগদ্রা চাংয়েংগদৌবিবনে

তিং: কবি মঙাংনো কবম্ব চাংয়েংনো য়েংবিবো ? ফিবোল লিক কোল মযামসিন থ্রিং থ্রাং লাও থুজিন্ন সিক যুমদ পবপ পবপ য়ৌথ্রসি হৌবে।

পা ১: পাখঙ। নঙ কেনেবাদো মফম চান থাবো, Light য়াগদ্রা যেংও।

পা ১ : সাউন্দসু কেমেরাসু রেদী ওইরে সার।

পা ২ : ঐন একসন হেক লাওরকপদ, লোংখজিং নঙ, চৈত্রাগি বৌপরা অভাংছ শাবগা কপশিন্নৌ ওহাক, মমা অমুক শারগা সন্দ্রেম্বীদ থীন চৈদোবনি। তিং-গোং নঙন সন্দ্রেম্বীশা নমা থেঙ্গুদ ভাংগদবনি।

পা ১ : ঐরু সাব অভাংছ শারগা কপ্পবাও ?

পা ২ : No. নঙদি হায়াই খোংলকনি। Sound Cemera শেন্নক।

তিং : থেঙ্‌ ফুৎপৈ মতাংলা উঝা তামো ?

পা ২ : মানি তামো তিংগোং, তুমিন লৈবা। start

পা ১ : সাউন্দ রন্নীং, কেমেবা বোলীং।

( গ্রো গ্রো লাওব খোন নেম্ন তায় )

পা ২ : সীন নম্বর থ্রী, থেঙ্গ ফুৎপ Take No.1 একসন ( প্রাক )

লোং : আঃ আ : থেঙ্গ খোউ চাগে য়াদে আ : আঃ আঃ।

,, ( শাওন ) সন্দ্রেম্বী : মীনাইন্নবী, অভাংছন কপ্প নিংঙাই তৌব তাব নুংঙাইব্রাও ? নশমদু লোইন ফোইদৎলুবা ভানু খুন্ন শেম্বদোনা ?

( বুপ বুপ ফুব মখোল অন্নো ইমা )

থেঙ্গ, হাপ্পা ঈশাইফ্‌ছ মৈদ থাঙ্গৎ ফুৎলো মুন্নব।

(ঈশিং শোবা খোল। সন্দ্রেম্বীন হীক হীক কপ্প

তায়, ওহাক লৈরগ তেংথারকই।

তিং: ইমা ইবেম্মা। পলেম অপোকপী! মহাকপু তাইবং ওইন শাইওনহনব ওমগত্রা হোৎনরুবদি অরেম্ব তারেনে পল্লেম। (হীক হীক) নমোম ঐবু বাবোগ-মুকো পলেম পামুবী। ই: ই: ই:....

লোং: মৈহু ওুং ওুং চাক্লব থাওনহৈ সন্দ্রেম্বী?

(ঈশিং শৌবি)

ইমাগী ইবেম্মা, পলেম নমা ঐহাক্ন

থাম্বী মৈশা লাংলবদ

লাইজ ঈশিংন ঈশৌবনা

পলেম খুকউ স্নোবেদো শিথবক্লিবা!

তিং: ইমা! পলেম অপোকপী।

পা ২: Cut, okay

পা ১: মথাদি Sir, কবি মতাং?

পা ২: নঙ পাখঙ, নিংথৌগি শজিক ফানব মৈঙাং শাগেগা নিংথৌ শাগেরা?

পা ১: নিংথৌ শাজগে Sir.

পা ২: তিংগোং নঙন সন্দ্রেম্বীন ওনখিব লমথুমু শাবো!

তিং: তল্লি, ঐবু লংখুমু শাজৌ হাযববদি ওামো নিংথৌমু শাবিয়ো।

পা ২: করে ঐ শাগে! বিহ্লাশেল অমুক্ত হান্ন চৌখিসি অপকপ মীন শানসে। Ready?

পা ১ : ইনিংথৌ ইবুংঙো ওবাংদি তেবাপাম্বী মখোঙদ শজিক
ফাঙবিঔদা লমখুন্নু অমন —
হাদ শজিকলোই মৈঙাংবা।
নবুংঙো নিংথৌদ তমজক
হা নিংথৌ তুকাউব
কম্মবু কাউবনো ?
মীৎকুংপি পাজোম্বী থুনীংকাযত্নবু লৈমবা
ঐগী পাউসিবু তমত্রবদি
নখুংশু থাঙ্গোল মাংজনি
সগোল মবাই তাহনগে
কবিনো ইনিংথৌ, মীগি খোঙ্গেলদ সুংশিন খোংগ্র-
পোৎনি।
পা ২ : চৎলু শজিক ফানব তেবা পাম্বীহু মখোঙদা।
Record steps )
পা ১ : তো তো আদ তোংলিবা লাংখুনু সিনি।
নিং : হাদ নিংথৌ তুকাউবা
কম্মবু কাউবনো ?
সপ্রেম্বীন উফৈ তোং
চৈশ্রাম ফম্বাল তোং।
ওইদবন অওই শা
অওইবন ফিক্কক খুম।
কু কু কু-কু খাংমেতং।

পা ২ : হা চেক্লা পিকনুংশি !
চীংগি খুমু লমলৈমা।
নিংথৌ ঐগি ইপাম্বোম
শযেং ওইদো তোংলখো
চেক্লা নঙবু যোক্লগ
তাইবং অমুক শাহগুম্মা
নিংথৌ নাক্ত লৈখিসি।
লউ লাউ চেক্লা চা।

( বাশী খো ই মগৌ তম )

লোং : নুংশি হৈ নিংথৌশাব মীৎফত্ত।
তিং : চবোদা লেংখজিং নঙদি শজিক ফানবদ নুংশিয়ে।
লো : বাবাহু নুংশিবগি ব্রানি, মনিং যাম্মি নুংশিদে নঙ
নিংথৌ তুকাউবসি। নঙ হয়েং কপচনি।
তিং : ইথবাইন ভাজব মগু লাংগি ব্রাবমু ব্রাজগে। ঐগি
তামো, ঙসিদি পোত্থবসে।
লোং : অঙইবনি মুমিং তাদোবে যুমদা চৈবম্মনি ঐখোয়
নমোম্বাক্লা ?
পা ২ : অহুদি হয়েং নখোয়বোমদ মথা নম্ব ম্নাগদ্রাও ? ঐখোয
লাক্কে মুংখিল ঙত্তান ?
তিং : যনি লাকপিযো শাবি মাঞ্জ অঙাংশিংন নত্তন অহল
অত্ত লৈবোই, পুপুদি খুন্ন তুনবা চংখিনি।
লোং : ঙসি ইমান যুমদ তপ তাবমখৈ চৈবমত্রা কবিনো খঙদ্রে।

পা ১ : খুডামচান খান্নি নৈশান্নি কাবৰদ চৈব য়াত্রাও?
নখোযন্নী হন্নেং পাংপান্দ ভান্নবর্ম্মো।

লোং : ফনি খুডামচা, লুক হাবক্ননো যুমদৈ, চাক হাপ্লমগে
থবোই নীংখাবী, থুম মোনোক ফজনা থাক।

তিং : তামো নখোন্নগী কিন্ন নম্নি শানবিসিদি য়াম কন্তব
জাংনিহৈ।

পা ২ : কর্গি ফক্তিবা তিংগো ?

তি : চান্নন নুংশিনকই হ য়নি ফগি ফগিদগি।

পা ২ : নুংশিযু কৈ য় লীলা পান্নবা। লাকও চৎসি জীপু
শিনবিবগে নুংশিব হৈন্বী। (নোকনৈ) খন্ন থোইবী
লোক্তক ইঙ্গিংবদ উন্নব মণ্ডু হান্ন দি য়েংসি।

পা ১ : ঐ খন্ন অমুক্ত শক্তংগে? ইন থুন্দাক।
(জীপ থোখি—)

লো . থাম্বিনবা থানে। (লেপ্পি)

পা ১ : ভেবা পান্থী মখোতসিদ চংদ্রাও? নয়ুম যৌনব
খিজিল্লুবাও চান্নবী?

লোং : কদান্নদৈনো খুডানচা নখোয নমাক্তু মবিংজেল য়ান্ন
যাও, কোকান্ন লুক্কান্ননি লে ম চেনপ্রা।

পা ২ : নখাযনীবু যুম লোন্নত্রাও?

তি . হিঙ্গাল অমতংন থম্নি। ফিবানদি কে-ন শেংলমদ্রাও?

পা ২ : শেংলম্মু য়াই, চানন নন্ন কান্দদি কোমুং যৌবগ
কেব য়ৌদ্রিবৈড নখোযন ইঙ্গিংবদ শেংলম্নু

পা ১ : কোন্নুংদ লৈবগ শেং ইন্নবদি ফিগে ফনেক মুগা ইন্নকি কা য়াম্ন লৈখিনি। নম্ব লোইবগ নখোযগি ওইজহৌদৌব।

তিং : শেল য়াম্ন তিংন ইফি ইবোল থোনবিবগ মুংশিব শাজিন্নব চাননদি মুংশিদবসিবু লোংখজিং নঙবু ঙমগ-দ্রাও?

লোং : কনান ঙমজরুগবনো, ঐদি খুড়ামচা মৈঙাংবগ শুনিং থানগ্রবনি, যাঙশঙমাংদ চেন্নব।

তিং : অঙইব্রনে তা মৈঙাং?

পা ১ : মুপী তাম্বোকগ্রে, মচা অনীতুম্বু পীথোকগ্রে।

(নেংকনিন্নৈ।)

লোং : ঐখোন্নবু হৈগত্রনে ঙঝা তুকাউবা?

পা ২ : হৈনিয়ে নথবাইদ যাঙ-ও।

পাং ১ : লোংখজিং নঙ ফাগী খব খব তৌবকই নমীৎ ননা নচীনপৈ, মত্থ যাদে পুক্নীং হকচাং যাওনে-কো।

লোং : মুংশিনবৈ মতাংদ থবাই চান্নন য়াওসিনবসি খুড়ামচা চহি ১২/১৩ দা

পা ১ : লীলাদদি ইয়া যাই।

পা ২ : ঐখোন্ন হল্লে। (লীপ থোগ্রে)

(মযুম চংবদ অনিহুন শকখি)

চীংয়া শেনবা মালংবাও
নথো মাইদে নোক্লীংইহে
চীংমায়দগি হুমথরক লৈশক লৈনম নম্বোপো
মীরান ইম্ফাল তাম্ন পু
কোইয়েন য়েন্নুই তন্দবাও? (নোকমিল্লে)

লোং : ঐ চংহোরে সন্ত্রেম্বী, হল্লেং অযুক্তি ওন্তা পাংতংলোং খোল্লুসি। অতুম্ব নোংশাই থয়াংত শক্তি চংদেকো?

তিং : লৈহৌবো চৈত্রা ঐদি রানী ওইব হোৌরবনিনা নখোই সুরাই ককই চুব ঈশিংদ ইঁজং লোংখোনব লৈখোম লৈনাংদ কুম্ব তল্লে। (খোঙথাং রেংকোন্দ)

হেদ নিংথৌ তুকাউব! কাউমল্লসু কাউইকো!
কুকু কু-কু-উ থাংমৈতং।

লাব : ঐখোয় চেচে নত্রাও? কদায়দৈ ফিবোল খোঙতুপ আনোক হুরাল্লকইবনো চেচে? চেচে নত্রাও?

তিং : চেচে কৌরনো, ইচেম্বশি হায়দ্রবদি খুন্নীংদ্রে।

লাব : কনায় দোকান্দৈ হুরকইনো? থানানা থিবকওইদ্রাও

তিং : ইশক ইচু য়েংও, হুবকপ মানব্রাও? কোন্নুং পুক্কৈদৈ হোম্বরকপনে। পুপু লৈব্রাও? মিংশেল ১ পুবকউ। ঐগি ইশক ইতৌসি য়েংজাহো হাম্নরু।

লাব : কনাই কোন্নুংদৈনো হা ইচে? কজদ্রেদা!

তিং : নিংথৌ তুকাউব কোন্নুংদৈনি।

লাব : হুজিকপু সন্ত্রেম্বী লৌখিবা নিংথৌ তুকাউববু লৈরিব্রাও?

তিং : কবিনো অঙাং, নিংথৌ তুকাউববু মাংখিব য়াত্রা ? সান্ত্রেম্বী ঐ লৈবিবসিদি ? সহবদদি হায়ব নিংথৌ-তুকাউব, অঙম অথৌ তুকাউব চৌকি অবাংব তুকাউব য়াম্ন লৈ হাযনৈ।

লাব : অদুবুদি ঐখোয় খুঙ্গং স্নরাইদস্ন মৌপবা কাউব মচে, মশু কাউব মপু য়াম্ন লৈ হায।

তিং : কনানো মৌপবা কাউবিবদে ? কাউববদবু নঙবু উম্নগে লাকদ্রা ন'ঙাইবব কোম্ন' ভান্দাক্রম !

লাব : (কপ্পগ) কাউন্দবদি কনিগি পোঙ্গাউ মচা অককপ ফুবিং হাফ অমত্ত ওইবস্ন মৌপবাগিনি ঙ'যত্নন পুবিবক্তবগে ? মচেন ফিজোন কোম্নুংদৈ শেং মৌপবান খুঙ্গংগি সনাসন ফিজেং, অউবন কবি হাযদগে ? ইঃ-ইঃ-ইঃ

শিং : কপকনু শানীংদে, কোম্নং মীদি অকপ অবাউ হাব হৈদে। নবাই নিংথৌনু হযেং নুংথিল ঐখোয় যুমসিদ লাকনি, ঐ মশক তাকে হেক উবগ চেক্সিনল খুকম্মু, পাখোন শিবদ নুংশিংকুম চেন্ন, সঙ্গোম চিনি চা লোম্নব থৌনাং। নঙ্গি নকি নবোল খোঙচপ একা-গাড়ী মচা স্কুল কাবদ তোনব লৈহন্নি। মুমিং তাদোবে চাক পোংদোকউবো। লুপা ২ সিন ঙা অহাওব অমা লৈক্ক চাথোকসি।

লাব : একাগাভী লৈবিরবদি অতে ফিরোল লৈবিব্রবসু য়ারে খোঙ্গাও শেগাইবা উপ স্কুল কাগে। (মুংঙাইথোন)

পা ২ : মুংশাসি য়াগত্রা কেমেবাহুবো ?

পা ১ : ফিল্টব হাপ্পগা য়াবনি Sir, মুংদাং সীম্নি-চৈত্রান কোম্নুংদ চংলকপ।

পা ২ : নকিত্থ ফনেক মপাম্লাইব, নকোক্তু ইম্নফিন খুম্মু লোংখজিং চৈত্রা নওন সংক্রেম্ব শাহুন কোম্নুংদ লাকপগি মতাংনিহৈ।

লোং : ননাই ঐ ভাব তাজাবে ইনিংথৌ। কলাপ নিকপসিবু উঝা কৈদৌবগ ফবগে ?

পা ২ : নিপামচা লাব !

লাব : কবিনো তাকপিয়ু ইবাইঙো !

পা ২ : নচেনসিদ ঈশি অরুব থরুব চেঙ্গোং অমদ পূবকই হংরু। লায়ন থল্লু কিরুন লোংখজিং।

লাব : ইচেনসি সংক্রেম্বা, ইবাইঙোন। পানী ফানগে হায়রে চেঙ্গোং ১।

লোং : শেংলিব ফিজোলসিদি য়াবত্রা ইনিংথৌ ?

পা ২ : য়বনি লোংখজিং, নিংথৌন পাম্নব শাজং বাঙাং নমৌং-ননা। নমা নচান সংক্রেম্বী হাংলব তুংদ মহুং-শিন্দুন নচেগি ফিরোল শেংলগ কোম্নুংদ কারকুইব-নিকো।

লোং : মুংশিব শাবসিন্থ হৈগগ্রা ঐরেবা!

পা ১ : পাৎপান্দ ঙবাং মহাল ইঙ্গিংবদ ঐ.খ যগ অহানব উন্নবদ ননাত্তোম অংস্বহুন শুগৎ নমীৎ অখুবন লাওথোবকপন্থ তৌ-ও!

লোং : ওহ খঙলে।

পা ২ : যেস, স্টার্ট।

পা ১ : সাউন্দ বল্লী কেমেরা রোলীং।

পা ২ : ৫শুব সীন চৈস্রান অহংনব কোন্নুং শার্ট Take No.1 (প্রাব) একসন। মুমিং ভাবে সক্কাই সংব কনা লৈ? থাংমৈ

পা ১ : ননাই ঐন পুজবাক্তে ইনিংথৌ।

(থাংমৈ জ্বি জ্বি শৌই।)

(লোম্ন) চংলকও লোংখজিং গেট মম্নদ।

লোং : ওল্লিদা কোন্নুং থাংমৈসি ভানমল্লি, থাইনবু থাংমৈ মবোল থোক্লম্বাও?

(ভুমিন লৈ সেকেণ্ড ৭)

পা ২ : কনানো হা— লাকইবদো? সাম্রক্কী নক্রাও? অম্মুক থেংলকইবদি কবিগিনো হা?

লোং : ঐগ্যা ইপাম লমদম লমমুংশিদি পাক থাদোকচনীংদে ইনিংথৌ। সগোন গাড়ী অমত্ত থাবিন্নকপ কৈদৌবগে! (শাওরপ)

পা ২ : সংগাম পাম্নবত্ত থেংন হল্লকএ, ভাইখো সন্ত্রেম্বী নভবু ঙখোম ঙ্গাকইদা কবি কবি চারকপগে ?

লো : লকু ইল্লোনবগু উ মে'বোক্ত নাউসেক্ত থাকপা চাজকনবা।

পা ২ : সন্ত্রেম্বী নভবু খুনীং কায়দগ্রা'ও ?

লোং : পাৎত কুম লোংথোন শাম্নকরব ঐগ্যা।

পা ২ : নখুনীং কাংলপ চৎলিবত্তুন কবিগি ?

লোং : তীংখং তুম মচা খব যুগ্রমানে ঐগ্যা।

পা ১ : নমাইত্তু সোমদ লৈথোকই, নভবু নমীংতু খব কুৎলত্রনে ?

লোং ; মীংকুৎপ নত্তে. পিত্তম খব ঙাংখংলকপনি।

পা ২ : নশন ঙ্গাই ঙ্গাই নীংত্থু যৈবত্তুন কবিগি অত্তুক ত্তেল্লকইদা ?

লেং : ইমান সম্মান্দোং লোদৌবগি Boy cutদা ফজ্জ চাযজিন ককথৎল্লিব।

পা ২ : কট ! কবিগিনো নভন লেংখজিং Boy cut কা চাযত্তন ইংলিস যাওনকইবদে ?

লোং : ছুজিক কান মীন যেংনব ভানবনি লোয লৈতে

পা ২ : থাইনবু ইংলিস লোনখিব্রা'ও ? অওইব মানগল্রাও ?

লোং : থাইনবু ছুজিক্ত চপ মান্নহনব ওইথোকপ্রাও ?

( মন্নাম নোকমিন্নৈ। লোক্তিং ইশৈ ছুইথখি )

পা ১ : সন্ত্রেম্বী চৈত্রা ! নমাই নমীং নফি নবোল লোইশিল্লো খেংল্লে মুমিং তাদোরে।

পা ২ : শজিক কামব মাইঙাংবা, Yes, action.
পা ১ : ইনিংথৌ, লৈমপু।
লৈমরেল ফমথোল কাথিবী, ইমা সন্রেম্বীন, ঙসি কোরৌ অসিমক্তা, ননাই শজিক ফানবগি লায়র খাংপোক মনুংদ, তাইবং শক্তম লৌবগ তরা মথেল থোংবিবয়ো। 'ইনিংথৌবু ঙাইজহোই ত'উজিং শক্তম লৌহুন। (খুন্ : শৈশক)
পা ২ : অওইব্রনে শজিকলোই? লাও চৎসি উম্নক্সি।
(খোংথাং লৌই, ফুংশি খেদলৈন শকখি
(পেনা নত্রগ বাঁশী)
কদায় কদায় নঙ ইমুংসিদ নত্রাও?
"সনরেম্বী থোবক্লো ও
নত্তুম্বা পোন্জেল শাবিগে এ
লাই খুবাক খুবিগে এ
হো য়া হো য়া (খুবাক ও লক)
সন্রেম্বী : ইনিংথৌ ইঙো সনা নখোংখ'দ খুক্তনজরি লাইবক থৌবিন, হুজিক্তি তাইবং শক্তমবু কজরে ! চেক্লা সাইওন্দগি তায়বং শক্তমগনগে ঙমজখিদে লাইম্ম চৈখেৎপীগি থৌবাংদৈ; তাওজীং শক্তম লৌরুবদে ইনিংথৌ থোগলবু ফংজরে ননাইন।
পা ২ : অচুবে শাইওন লৈম অশেংবী সনরেম্বী! লাইগি নোংদমদৈ পোকপ্রে, নিংথৌ ঐবু বারৌগন্নুকো।
(চুম্বি) লাও কোন্নুংদ চৎশি, লৌনম্বী হুরানবীহুন

লৈবাকী করি করি মা'নব ভৌবি, খিগৎলুসি লাও নশক্তু লোৎলু কিন থুম ওহাক্রং।

সন্ত্রে: ননাইবু চানবিবে ঐগা, মমান মযুমদ্ব কোম্নং অম লিংখৎত্রে তাজ্রে।

পা ২: শজিক কানব নৈঙাংব! লক্তে পুকৈগি লম্বী চিংউ, থাংমৈ লৈথো (অরাক্তখোন ইশৈ)

লোং: (পোং-1) হৈ তুবানবশা। চে'-যাম হবাই থুম বোবা কয়া পুবে?

সেঙ্গাউ: বোবা ৮০ সনগাড়ী ১০নি ইবেক্সা।

লোং: নহালগি মমল লৈব পোং য়োৎকি উপুদ হাপ্প-শিংতুদি চীংলোন বাংমদ যৌগ্রব নত্রাও?

সেঙ্গাউ: মতুংদ কুইরে য়োখিব ইবেক্সা।

লো' ইমাতু হাৱে' অযুক ফমনৌ হাপখিব ১০তুগি শেল অরাৎপশিংতু খোমজিল্লগ পুরকউ হায়য়, নখোয চংলে'। (অন বব-টিটিনদ্বে সনগাড়ী খোন)

লিথো: কনা কনানো? পুকৈ থোঙ হাঙ চে হবাই গাড়ী কযনো হে নগ্রিবসে? ননাপান্দ্রাও?

লো: (খোন নোথন) কবি কাল্লবগে খে'ন অতুক য়াক-শিবিবা ওসি? নন'ই সাম্রেশ্বীনে ঐ। চেং হবাই নমথীবব ভীল চংলবশিংসে মপানলোনদা থাদোকহল-লুবগ থুম থাও পুশিল্লক্তব শিনবনে।

নিং : নঙবু সান্দ্রক্সী অশেংবীবাও ? লৈবাক্কি চানব ভাংলব মওমদ লংকৈদ চেং-হন্নাই কনান থাদোকউ হায় ! নমান তাকথ্রাও ?

লোং : নিংথৌ অপঙবসিবু কবম্ব লাইমুন ইজিল্লিবনো !

তিং : ঐবু শক থংদ্রাও ?

লেং : হৈস, নঙদি কবম্না সিদা ? ভাঙ্গোই ওনথ্রবন কবম্না ? নঙবু নঙলাও ?

তিং : অচুম্ববু মুথৎপ ম্নাদে, মতম লাক্লগ মযোল চোংলক-প'ন। নঙবু কনানো লৌনম্বী মীহাংপী ? নঙবু নম্লাও ?

লোং : ঐবু'দি ঐ নত্তে। নঙবু অহিংত্রাও ?

তিং : নবাল পুম্ব হাযদোকউ, নমা-নচান কোম্নুংদৈ হুখিবা লন থুম, ল'কৈদ থৈখিব সনা লুপা মনি মুক্তা লোইন পুথোবকউ। নত্রবদি নথবাই মাংজনি নত্রগ খোঙ্গোইননি লৈবাক মমাংদা ইনিংথৌ, তৌব ঙম্বী হুনানবীসিবু কৈগুমশঙ্গ থম্বিযু. মমা হিংচাবীহুবুসু কৌখৎপিবগ মতিকচাব চৈবাক পীবিয়ু।

নিং : কনানো হাযম্নো সন্দ্রেম্বী শাবি নঙ, নথবাই পাম্মু-ববদি অশেংব তাকউ।

লোং : ঙাকপিযু ইনিংথৌ, ননাই ঐ, ঐ মচ্চদে। সন্দ্রেমী মনাও সুপী চৈত্রানি, ইনিংথৌন খঙন খঙন শাহনবনি খঙ্গ, খব শাংন শাক্তকবে ঐগ্যা।

পা ২: Cut! cut! Okay ভনিগিদি লোইরে ছুটি। ভাইখো লোংখজিং, তিংগোং। হয়েংদি করম্ব মতমদ? খম্ব থোইবী মতাং ইঙ্গিংব নমসিরা, লোইকুম লোইকা নমগিবা?

তিং: লোংখজিংখোয় মাম, ঐখোয় পুপুগ অমুক্তং উন্নবিরখো। অভাং ওইমম্মি ঐখোয়বু পক্লোই হায়হুন রাওহন্নোংদে।

লোং: নীংবদি কায়রিনো, ঐখোয়বুদি শামুখোংয়েৎপ মভাংসু ক'বক অহুম হৈজনীয়ে। মামখোয় পুপুখোয়ন য় শিন্নখ্রিবদি চহি ১২/১৩না Love সিন শাব হৈরোই, মভাংনে হন্নুব-হন্নুবীসু ঐখোয়ন লীলাদ তাং ভৌবগুম ভৌরিবনে।

তিং: য়েংওই তামো, কাউক্লবদে নিংশিংলবাও! হন্নুব-হন্নুবীশিংসে মখোয়ন চহি ১২/১৩গা ভুরকপব শান্নখিব পানখিবশিংদো কাউপ্র, কাউশিংনপ্র অহুন হয়েংসে নশেন নিপা লাবগি একাগাড়ী মচা মান ভোংজনব অমত্তং জীপু হাপ্পীবকও, অহুগ পুপুগ মখোয় মাম অমদি মমান নিংশিংনব লুপা নোট অপাকপ খব শকুন্তলাগি খুদোপ মাংখিবদো কোনব ওরুব পুবিরকও। অহু ভইরবদি ঐখোয় পুপু হৃষ্যন্ত নিংথৌ, মখোয় মাম নিংথৌ তুকাউবন

ইমানীবু শাহম্ম্ ছৈহন্নি হায়রকনি।

( পা ১, ২ খুবাক খুই নোকই )

হুংঙাই ইশৈ বাঁশী খোংই — কুকু কূ-উ খাংমৈতং
হাদ নিংথৌ ভুকাউথা কাউমন্নহু কাউইকো।

ভুমিন মেকেও ৫। য়েনবা খোংই —
খুমু খোংই — বাক বাক গ্রুং etc.

লাব : (শকই) বাবা — বা

ওন্নি নোংবু ঙাম্লেদো,

ইমুং সোরা তৈখবে।

'কুকু কূ-উ কূ-উ খাংমৈতং

ইবাই নিংথৌ ভুকাউবম

ঐগী গাডী পুরকনি,

স্কুল কাবদ ক্রিং ক্রিং।

মীয়াম্ম ঐবু য়েংনবনি।

মাশেন ইঙো কৌনবনি !

বাবা বা !

পুপু : করি লাইব্রিক ঔবাইরিগে, নিপা লাবমচা ?

লাব : ইবাই নিংথৌ ভুকাউবন এবাগাড়ী নিংশিংবিবক
লৈবিবাক্ল ঐগি, তোংহুন শান্নবি ক্রিং ক্রিং। পুপু
নঙমু খুমু ভুংবৈ শেল য়াম পুংকনি হায়বদি হবাগবো !

পুপু : লাইরিক ঔবাইবিত্রা হায়বু নঙ ঙরাং অহিং মঙহু
মঙব লোইদ্রিবোইবে ! হা... হা — হা নচেদি

লেংখৎত্রিবাও ? সনাবেম্বী কোন্নুং ওংবী।
(ধুলোক নক্লগ পুখম থীল্লগ)
শকহেনবী শানিংবী শকথীবি, নম ই নমীৎ তাথোক্লো
নখোঙ নখুংঙা তৈতশিল্ল', হৈবীবা চুৎনীরা শুম্বা।

তিঃ : ঐবু কৌত্রাও পুপু ? কনা কনা লাক্লে ? পারী
মখোল অমা তাখিঙ্গুম —

পু : হৈম্মা ! নকোক্ত উবীৎ মাকোন শাগ্রব, চেংথী উত্তী
লুত্রীত্রাও ? নমীৎতৈ হয়িচাক্ত শিজথোকাম্লো।
কনেক অমনব অহোবত্থ কেন্নুং লৈনগি খাংজেংলাও ?
(জীপ ১ থৌজিল্লকপ মখোল তায)

তিং : লাক্লে পুপু ঙরাংগিদো, ঐ মাই শাক্লখিগ
(চংখিব মখোল)

পা ১,২ : খুরুমজবি খুড়াইঙো !

পুপু : লেংশিল্লকউ লাও কাখৎলকউ ইচাশ —। যিনম
নম্ব কাংবুরা নখোয়বু ?

পা ২ : মানি হোয়; ননাই ঐখোয়, অঙাং অনীই খা যাওহন-
বিয়ু হায়জগে খুরুমজগে লাকচরিবা।

পা ১ : নিপা লাকচা ! ওবু সাইবল তোংব হৈবত্রাও ?
নঙ একাগাড়িহু জীপ মথক্তা যাওক্লনি, লৌথ-
ক্লরো ঙমগন্ত্রা ?

লাংব অওইত্রা খুড়ামচা ! (চেনখি)

পুপু : লৈনশিজ শান যাদৌব মংগম্বু চহি ৪/৫ বাংলিনে নাখাযনীসে ইচাশা। মতিক চাদনা ফজদন শাফন-নীংদবন থাম্বনে। মচীন্দ পংথীথী, ফাগীদ পংগৌ গৌবানে, অবা অনা অকপ অবাও নুংশি নুংঙন শাব কদায় হৈগবানা? শাংন্তু ইচাশা নাখোয চহি ৫ ৬ ৩৲ ঙাইখনে?

পা ২ ° ত্তম্বিবগ হৈনি খুডাইঙে। লুপা লিশিং ১/২ দং বে ইনা ওইন থনজবমগে। থা ২দা নম্বলোইনি, হেক নম্ব লোইবগ লুপা লিশীং ৩/৩ হাপচগনি। অমক্তু শেল থিবিযু।

পু : হা! লুপা লিশীং ২না ফংগে''গি, লিশীং ১না লোংখজিংগি। ওম্বিবগ হৈগদ্রনে ইচাশা?

পা ১ : হেক্ত হৈনি খুডাইঙো।

পু : অাঃ অাঃ হৈগদ্রনে ইচাশা হা—হা—হা হৈগনবস্থি লৈকো চঙ্কিন চংনদে। হৈ নুপীমচা ভিংগোংকাং-গে°। লেংখজিং কৌক

লেং, ° ১না হৈ য পুংু ইমালৌমক।

পুপু . হে — মখোম্বনাগি ঐ ওাংনবা লৈমশিজ মংঙ্গাঙ্গন ওসিদে। ওংদা লিশীং ২ দি পীক, চেন্নু। নফি-নবোল শেংনা লোইবগ্রা? খুডা কৌংব্রা মমা পৌনব্রা নও ওাংনাখোয মতুং ইনগ্রে, হৈংবা

ভম্মুবো, চাকস্থু চাবকউ থোংস্থু থোংদোকউ, নফি-নবোলস্থ লৈহল্লু। লমদি হেনগন্থ, অভম-অথোগি য়াথংদি হিক্তোকযদে পুজগ্রো চংলো ইচাশা!

(একাগাডী মন্দিলা লাপ্প)

পা ১ ২ : যাম্ম নুঙাইজবে খুড়াইগো। লাক ঙ ন.থ যনী সন্ত্রেম্বী চেস্রা।

শি ২ (শোনব) ঐখোযবু ঐখোয ওইব তাবত্রা!

পা ২ : (off mike) লাগনে লৈমশাবিশা

নি : লাকচবে ইনি থৌ তুকাউব।

(নুংঙাই ইশৈন কেনজিনব)

# দিরেক্টরগী শাশেমখাঙদা
## লৌনালেংবশিং

মতম : অয়ুক পুং ৮ রোম।

ফম. : খৈরেন দোকান, অকাংবশা যান্দুনা য়েংল্লি নখল মথা অনগ্র লাইবিক, খুংঙ লাইরক, বহি মচা ....আম্বকপ লাক্ত · গান্ধী, রবীন্দ্রনাথ কালিদাস, সেক্সপিয়াব, দোকানগী ভগল কাস্থাক রইবন শিংপন শাংযানব দাক্টরনা শাথপ—

ইশৈ :

সেংনুং ইনু লৌনিংবদ লৈ,

মুংঙাইব লোইরে ভুনিযা!

কন ইস্থু য়েংউনু যঙ চুম হুবদ—

নমুঙ লেল্লগা লেংইরা।

কক্লগ শেম্মু নশলা হাপ্পু,

মুম্নদ থেংউ হাংগংব

চানীব শাথক নক্লগ লৈংখো,

মৈফ মথীক মশাম্ম।

( অবৈব ১লাক লেপ যেংলৈ ইশৈ তাবৈ )

অবৈব : বীফ পোক' ফংগদ্রা?

ফিরেক্টর : সোরী, লোইথোকপ্রে, হয়েংদি যংবিদা। ইটন দোগমীটতি অকব ব্রাণ্ড যাওবি।

অবৈব : মটনদি কবম কবস্থ ব্রাণ্ডগি ?

দিরে : কালিদাস মার্কা, রবীন্দ্রঠাকুর মার্কা যাওবি।

অবৈব : দোগ মিক্তি ?

দিরে : সেক্সপিয়ার ব্রাণ্ড ডায়রে।

অবৈব : হাওবদি হাওব জাংনিকো ?

দিরে : বসন থল্লব ও ওনি, মমিগি চাদ ই দবঙ ংি

অবৈ : ওইনম্ব পাম্মি, কালিদাসনা যগদা সেগা পথং হাওগদ্রা ?

দিরে : ওইনম্ব পাল্লবদি, কালিদাসনি নকোঙ খব কল্লগ যেংউবো, ফজনা থোংউ। থোংনব পথব হাকপ লাইবিক মচা হাপকনি।

অবৈ : মমলদি পুং অমদা লুপা কযা ?

দিরে : চামদনি পুংদ। মথোং ডাকনি বহি মচা হপ্পী ইশাবু দিরেক্টর ওইন পাল্লগ নোংমদ ১০০ নি ঐগি Fee দক্ষিনা। অস্তুক হোংবা অস্তুক দস লৈবগি বজাব অতৈদ কংবিবোই।

অবৈ : অথা অযাক, ভেংপাক লৈতুম নুংহুমদি যাঙেবাইকো

দিরে : মবীংখা ইহনন্ত্রগ কদি সকি মবাক চংক যাও দবহু Kg অমত্ত, ম্নেংউবো।

অরৈ : ফবে, ওইনম্ব মকোক্তু Kg অমা পীবিরো।
(বকুন্তলা থাব ময়োম ১ পী, বহি ১গা লুপা ১০০
লৌগৌই।)
(বহি য়েংলগ) ইস. কোনব চুম্ন ইংলিশ ফিল্মগি
ষ্টাইল!

দি : ঙাওব তেন্নব রসিকশিংগি থবাইচুপ য়াওবনি।

অরৈ, মমিংন বকুন্তলা, কালিদাস অশেংব নৎপিব্রা?

দি : কালিদাসকা শকুন্তলা অশেংবনি, Trade mark ওইন
বকুন্তলা থাবনি

অরৈ : হন্নেং কোর্ট য়ৌনরবদি?

দি : কোর্ট মচা মচান বাই লান্ন পীব য়াই, হাইকোর্ট
ঐন লেপপীনি কিরুম্নু।

অরৈ : অমুক্ত য়েংজকখিগে, মথোং ভাব তাব্রগ হংজরগেকো?

দি : Consultation fee kgদা লুপা ৫০/৫০ পীরগ য়ানি।
অরৈব চৎখি, দিরেক্টর ইশৈ ঙং লৈহৌই :

মেৎলু হাংলু তৌনীংবদ তৌ
লুংঙায়র লোইরে হুনিয়া

.... ... .... ... ...

(ফাল কয়া চৌকি কয়া পুথোক থায়ং— চা কপ ১ থকই
লীলামী লাকই, মতুংদ কৈজোম শেৎপ, খোঙ্লাও শেৎপ
মাইখুম হাপ্প ২ ফিমু ইন তুং ইল্লকই অতৈবুন উহন্দ।

লীলামী : (ইশৈ ঙংলকই)

চানীংব শক্লক কক্লগ লৈখে।

মফৈ মথীক মশীঙ্খা।

দি : কবম-কবম হিংলিবগে আদোমগি কা বুবো? চক্ল অকংবগি দানা হাবিব্রা?

লীলামী : চক্ল অকংব থাইনগি যুম্মন শিবগা, উনা অনাংব কবুলিযা খোংনাংদৈ কেল্লকপ থাঙথীগ শো দনা চাহুন যেনবে। ওইদ্রে বিলাগী হুপ আংকপ, মৈববাকি িংগেই কংব নইদব িনকপনি কবি অহাঙব যাওবিবিবনে?

দি : মটনগা দোগমীট কা লৈ। নস থল্লব, নাঙ মংগং ফজববদি হাযবিব শোযদব ঙ ক্রনি।

লীলা : কবি কবি ব্র গুনা অমুক্ত যেংজগে?

দি : মটন অহাঙব কালিদাস ব্রান্দ, দেগ মীট এনদম ফাষ্ট ক্লাসনি সেক্সপিযাব ব্রন্দ।

ললী : খোংব হৈক্রবদি অরাংব মখল নিটস্থ নাও মোংবাক মশালা, থুম-ক্ষবি হেন্ন নক্রগ বাংন থাব্রগ দংহনব ব্লাই।

দি : ঐহাক খোংবিগে হাওনব, ঘী থাও মশলা মঙক চান পীযো।

লীলা : থেঙ্ক যু—ভেবী মচ। অতুদি মটন কেজি অমা

ক্যালিদাস মার্কা, দোগ মীট কেজি অমা সেক্সপীয়ার ত্রাঙ্গ পীবিরো যমলদি কেজিদা কল্লাক্লো ?'

দিরে : কেজিদা ১০০/১০০ দনি । ঐনা খোংব লাকপ তারবদি নোংমদ দক্ষিনা ১০০/১০০গি বেট তা পাবিয়ু। কেজি অমসমদা লৌব তারবদি মাকোক খর ময়াংলেন খর কল্লগ—

লীলা : মনৈদি মক্ক য়াওগনি। মশিঙ্খা খর য়'ওহনবিয়ু মরীংখা পাঙ্গ অহলশিংগি।

দিরে : (মেয়াম ১ পী) মথোং তাকপ বহিনি সিন।

লীলা : করিগিনো শকুন্তলা হায়রগ বকুন্তলা পীবিরিবদি ?

দিরে : অমত্তনি মমিং লোংপনে মহাও অমগুনি।

লীলা : সেক্সপিয়ার কেজি অমগ পীবিরো ( ০০ অনী পী)

দিরে : মেকদোনেল থারিবসে মেকবেথগি থিংহং থৈ-দোকপনি ওরিজিনেল মাম্নবা। মেকবেথগি হেম্না হাওনব মক্ক, মকু খর মম্হৈ'ক্লবনি।

লীলা : নোরিঙৈদ অমুক্কং য়াওবিয়ু। মুল্লনদ'ইদ অনীনক্কংগা ৩০০ কচ্চনি।

দিরে : হায়েং লাক্কে ঐ।

(অক্তনহু চ খি. ইশৈ ঙং লৈহৌই)

(ৱাঙাংদব অনীহু মুংঙাইতব থিংহং মত্তাং চাম উংপ য়াই)

---

মতাং ১

( ক )

অয়ুক মহাবল্লী উমংদ

খুজং লৈশাবী কিজোন্দ বকুন্তলা য়েন্দাই ১ পাম্ব লৈথিব লাকই। মমঙ নিংশিঙ চৎলি.
—জগোইস্থু ভুংঙাইন থেকই। য়েন্দাইদ এপল ১ হাপই, মহু থর্মগ মমঙদ হুজেক্রম্ব হৈনৌ অমুনব মরু ১ ি বি কোইমা মাহুন।

মমাঙ্গবী শুভাষিনী ফিমতুপ ১ইন ভুরেন্দে ইরুজরুরগ পুন অম ঈশিং শোক কারকই।

শুভ: করি থিরিবনো ইতা; বকুন্তলা?

বকুন্ত: করিস্থু নত্তে ইতা শুভাষিনী, হা হা হা.... ....

শু: তাকথোকপ য়াদব বা থিরিত্রাও? সহরগি পাখঙব নাপীমরক্ত লোৎলমত্রাও? হা হা হা.. ...

ব: ঙরাং মঙদ হাওত্রব হৈনৌ মথজাই ভাংত্রিক ১ চারগ স্থরাইদ হুন্দোকথিব, মরুত্থ হিঙ্গান্দ থানীং থিরিবনে হা হা... ....

শু: মঙদ চাথিব হৈনৌ মরু থিরিবা?

ব: হোইনহৈ হাওইনে।

শু: থিরম্মু ঐস্থু লাকে, ঈশিং থম্মুখিংগে।

দ : নৈ খিরুগে লাকুউরকা? হৈনৌমু হেকপিগে?

সু : মতুংগি হৈনৌদি চানিংঙে ইদ্রেন্না। (চংখি)

(নোকমিল্লরগা)

অনীমু চংল্লে, নিংথৌ দুশ্মন্তি চেল্লকই শগোল থৌ, কোইরেং য়েংই। সুভ খিনীবু কৌবগ বাবী মতেক ১ শায়

দুশ্মন্তি : বা অমা হংগে। নখোয় উমংসিদ শদি শঙাই নৈত্রা নত্তে কৈবুল লমজাওগি সঙাই মানগ্রব অম উমংসিদ চেনসিমখিব উই?

সু : যোং সেকপী উমংনিসিদি, কৈবুল লমজাউগি সঙাই কোইবক্লম্লিদি থাজদে। মখোঙ মরী, মচি পানব উবিরহৌত্রা?

দ : ঐদি মখোঙদ মচিদ য়েংহৌদে, মমীংতি অশেংন সঙাইনি।

সু : ওহ, অছুদি সঙাইমানবী ১ নৈ খিব চংখিবহু ওইব ঙারে। সঙাইগি কান্নদোষ নৈখিত্রা?

দ : কোম্বুংদ য়োক্লীংব— মমীংতু য়েংব হুংঙাই।

সু : অছুদি উমংদ চং থিবিরু। হৈনৌমু মুল্লক্ষ নি।

(সুভা চংখি, নিংথৌন শগোন থৌজিনখি উমংদ)

(মতুংদ য়োংনাও অম তান্নরক খকুল্লা চেম্পোবকই)

খকু : ঐবু খব কনখিয়ো? ঐবু খব কনখিয়ো।

(চপ লেপ খিগংলিব লক্কবিব য়োংমচাদ নৈমগে

ফিভম তৌ লৈ-- য়োংন হৌ হো চোংই-খোংই-,
হৈ চানীংবগী মতৌ যোংন উৎ) হৈ (অম)দু মখুৎন
পায়বগ ) সুক কজব হৈসিবু অদুক থীব য়োংন'গু
নঙ্গোন্দ পীজগদ্রাও ? ( খোংকে লাককে তৌবদ )
অদুম হায়ন তৌববদি নঙ, নযাদা চাত্রা হায়রবু
ননাওয়ায় চানিকো। ( থাগে ফিভম তৌবি )
(খংহৌদন দুষ্মন্তি থোবক )

দু : হৈ, যোং পাখঙ! নঙ নথরাই মাংনীংত্রা ?
( বকুন্তলা'ম দুষ্মন্তি হেক উবদ পাম্বন জ্ঞান মা খি
মনত্রিক যেং লৈ। মখুৎতৈ হৈ তাখিব খঙহৌদ,
যোংন হৈদু খুল্লগ চেনখি।
( ওহাক শংত্রিক য়েংন, অনীদু লৈবব তুংদ সিংগং গি
খোন হেক )
ইবেম্ম, শঙাই মীংতা তাবী নঙবু করি মিংন খাইন
খঙনবগে ?

বকু : ইমিংদি বকুন্তলা কৌজে, মীনখি শকুন্তলা হায়ন
কৌবি, ইমা মশক খঙজহৌ দ্র, ইপ দি তম্মনি
লাইনীংব শাস্ত্রে, ইয়ুম প'ঞ্জত্রি, কুমাবীনি। ঐবু
য়োংগি খুত্তিন্দ কনবিখিব ইঙোবু মঙদি নত্তেবো
তাইবংনিকো ?

দু : মঙ হায়বদি ? ঐহাক মনিপুবগি নিংথৌনি খবন

মনিপুরগীবু থাইনগী হস্তিনাপুরনীস্তু হায়রবৈ, ইম্ফালগী দুর্গতি কোই, নিংথৌনি—নঙি নমীৎ শঙ্গি শন্তাইগি মানবচু কদায়দগি যাইরুক্ত ? কৈবুল লমজাউদগিরা ? অহুম মীৎতাহু উববদি ঐগি লেমন থাদোক্তে, মাং-শিন্নব কোন্নুংদ থেৎ থমনীংই।

বকু : মীৎ থিব লাকপিত্রা ইঙোবু ?

দু : মানি হায়ব য়াই, মতম লৈবগিবিক্ত ঐগি মিৎশি কজবদ উনীংই। ইবেন্দ্রদি করি থবক্তি উমংসিদ য়োংনাওমচাগা থে'নরশ্নিবনো ?

বকু : ঐহাক ওরাংনুংদাং মতম উমংসিদগি হৈনৌ মথজাই ওাংত্রিক অমা হেক্লেগ চায় হায়ব, মক্সহুন' কদায়দনো হুঃজরক্লে. খুল্লগ হিক্তোন্দ থাগে থিজরকগনে। হৈনৌ মক খুনবদি ক দন য়োং মরু থেংনহুন অরাব তার-শ্নিব—. ঐবু অরাবদৈ কনবিবগিদমক লমন তোঞ্জবে, লমন্দু কোক্লমব অপাম্ব অমস্ত তাকপিয়ু।

দু : ঐনা পান্ধদি নঙি নমওদ চাথিব হৈনৌ অমুনবহু নঙোন্দা পীজবনি তাইবংদা। 'উমংসিদবু হৈনৌ অমুনব পাল্লিত্রাও ?

বকু : নাকেন্থানি, থর পাল্লমগনি থল্লি, উ কাব হৈবিত্রাও ?

ধু : করিগি হৈতদগে ?

বকু : হেকপিগে হাম্বরবদি লমজিংজরগে হৈনৌ মথোংহু ? (মথুৎ পায় লেম্নি—ম্লেংন লৈ।)

দূ : চংশি। (চংমিন্নখি মুংশিন শ্রেংন)

(নমাবলী ইন কৈংজাম গেরুরাশংব শেং, স্বর্ণকশি খাঙী ১ পায়। মপা লাইনীংব ইস্কট— মচাস্মুপী কৌহুন)

লাইনীংব—নুপীমচা বকুন্তলা ! বকুন্তলা ! নঙবু মুমদি শঙদন কোইন চৎ লৈরব্রাও ? ইপাগি শকুন্তলা ! সুভাষিনী ! নঙ নতা বকুন্তলাবু কদায়দ চংকনি হায়বম্বগে ?

সুভা : পাবুং ঐবু কৌবিব্রাও ?

লাই : নক্কে, নত্তা বকুন্তলাবু কদায়দ চংকনি হাযবম্বগে ? মুন শঙনীংদব মতম ওইরব্রা খঙদেনে—নখে মসিবো ?

সুভা : ঐজোন্দ পাবুং নৈ খিকসি হায়রম্মি ইতান। উমংদ চংলব মাই।

(খর চংমিন্নরগ)

লাই : উমংদ মথক্ক ? য়োংজাও শাৰীরব খেংনরবদি খোউং-শিন্নন তোকনি, ঐ খোকনি কিব খঙজিন্নক্লেনে সুম মুক্ক!

সুভা ; ওহ ইতা ! বকুন্তলা ! বকুন্তলা !

লাই : ইপাগি শকুন্তলা !, নঙবু কদায়দ লৈবগে ? শকুন্তলা !

বকু : ঐ লাক্লে পাবুং !

(মকুন্দ নিংথৌ দুর্গাদিক্ত হুমকই).

লাই : অসুকপ বলদি কঁশিগি নথলা জোংজাউ — হৈমা

হস্তিনাপুরগী নিংথৌবেন্দি করম্না ?

( খুকমিন্না, মুভাষিনীন বকুন্তলাদ মমীং কংলি। )

দুর্ম : প্রণিব অমা তারাজর কপদগী ইবেমা শকুন্তলা থেংনজব, উসংদ হৈনৌ অমুনব খব পাম্লি; হেকপিক্কু উ কাব হৈকফদি হাবজক হেকপিকব—

লাই : ইনিংথৌদ বকুন্তলা নত্তম উ কাব হৈত্রা হৈনৌ হেকপিক্কু হাম্বলবিবা ? (ওকই) কবি থৌগললে'ম্নো ?

দু : অঙাংনিন হাম্বনী ব হায়বদ দোষ লৈতে ! কবি-মক্ত মাংহল্লোই।

লাই : হৈনৌদি চাবক্রত্রা ? হাওত্রা ? কমদৌই ?

বকু : মুনত্রিক মুমব হৈনৌনি, অমত্ত নত্তে। অহব, চাকই, থুমত্রে পাবুং। (মতাদ) কাউব ওয় মইাঙ নত্তে ইতা।

লাই : নাকেস্নাদ হৈনৌ অমুনব হৈবেন্দী পাম্লিবোইবে। অম্নুকপ উমংদা! চহি যাম্বন খঙত্রে।

দু : মতম নাইত্রে হুজিক্তি লাব কংববদি পংপান্দ পাম্নে হৈ জাংতি। ওক্লজি, শবুন্তলাসি হৈনৌ অমুনব যাম্ন পাম্মি, কোনুং গম্নদা, থাব হৈত্নৌ ম্নাম মুম্নে, মতম খর লৈহল্লগ পেম্নব প্রীজগে, কোনুংগ থাকি-খন্ত চয়োনসিগী মহুক্ত, কোনুংগী মীবু মোহলত্রবসু —থবক ম্নাম লৈহোই ঐ হল্লগে।

( অহম খুকনিং )

বকু : চয়োল অমৈ মনুংদ ?

দু, চয়োল অম।

লাই : পয়াদি খাব হৈনৌ মুক্নে !

(কায়নগ্রে, Butcher দিরেক্টর অমদি লীলা মী। মচুংদ মী—মু:২ তম থোরকই।

দিরেক্টর : কমদোই সেক্রেটরী ? বকুন্তলা, শকুন্তলা

লীলা মী : ইচম চম-কজে, শকুন্তলানি হায়বস্থু য়াই কিভমহ্ মাদৈ, মশিনি বকুন্তলানি হায়বস্থ য়াই।

দিরে : ভাবোকদি মধা তাসি, অউৎপ ঐখোয় মশেল মুংডাইনব থাগংনলন চৎনদে। মরৈ ফম উ'কল ১ য়েংশুম তৌবনি।

লীলা : লীলা লেংবে উকল উকীল যার্জবিত্রা ?

উকল : ঐ য়াম মুম য়েংই পিশুম শুক নোকই।

লীলা : অহুদি মুংডাইবিদম লীলাসে ?

উক : মুংডাইহুন নোকপ য়াই, মুংডাইহুন নোকপস্থ য়াই। নোকপ হায়ব ভাব অসি ambivalent নি, নাকল অনীমক ময়া পা'জি।

দিঃ : ত্য'যবদি নোকপহু অর্থ-অনী লোংই, তুকচহুনা নোক-লবনু য়াই।

উক : Correct ঐহাক্তি মোত পীজখিরোই লীলা লোয়ন য়েংজিটৈ। "অজ্ঞানরদ হংনীংব বাহং অমস্তংদি লৈরে। লীলাসি মসিংক শকুন্তলাবা বকুন্তলারা ? কালিদাসরা, কালিচুব, কালিজিবারা ?

দি : মসিংদ লম্বাংনবিক্ক মহাগুচু ত'বিয়ু। শকুন্তলা বকুন্তলা কৌব .য়াই. কালিদাসকি মক্ক কালিচুর গরম কৌ· বিবস্তু য়াই।

উক : মথংদ কবি উংখিদোবিবা ? অভিজ্ঞান শকুন্তলামগি মথবাক্ত গুইবিব দুর্ব্বাশাগি শাপ্ত মক্ত গুইন ছন-দোকখিদোব মায়ে। মরীংখা গুইনকাও ভৌদন।

দি : মতমসিন বিজ্ঞানগি যুগ গুইরবনা শাপ থাজনদ্রে মকুংড Reason Common Sense উখিনি।

উক : My God ! কালিদাসকি খোঞ্চা খাঙ থাবে। অয়ো ইমা অয়ো যো ! major operation কালিদাস Long live Kalidas !

লীলা . Dont do that please (মচীব কা মেখি)

দি : কালীচুর গবম চায়ব ঐখোয়ন উংলিব লীলাসে মচমগি কোংকোংশাব মহাগুনি. পঙথা থাজো হায়রুন হে.ল'ইন পাখঙ অপঙবদ সখীবু সঙোম ক্ষেবনি হ'যহুন পীজবহুগুব নস্তে।

উক (ল'ওব) : কালিদাসপু সখীগ উপমা প্রমান ভৌব শা-শেমখাঙ পায়ব দিবেক্টর ! নঙবু ঐন পাকিস্তানগি হাইকোর্ট পুখং International law of morality and Justice উশিংতবগি ননীংদ লীচৈ ৫০ দগি ত'দন ফুহনগনি।

দি : হা হা হা…… …( লীলামীন অনীশু থামদোক্কই)
মতম লৈরে, দুরদর্শনগী 'লীন তঙ্খিন্নাস করম্বংলো
আর্টিষ্টশা। কোম্মুংদ খিন্না বরুত্তুনা।

লীলামী : ডিরেক্টর সাহেব হা অমত্তং

দি : তাকপিসি সেক্রেটরী ?

লী : হায়রৈ কবিশিংগী মরক্তা কালিদাস অহোইবনি।
কালিদাসকি কব্যশিংগী মরক্তা শকুন্তলানা অহোইবনি,
শকুন্তলামগী মনুংদা ৪শুবা দৃশ্যনা অথোইবনি হায়দির,
মরীশুবা দৃশ্য : কণ্ব মুনিগী আশ্রমদগী শকুন্তলান
বিদায় লোবা হায়রবা মপা লৈতনা কজব সৌন্দুন্নু
ককথংপিরক্লা ?

দিরে : চুম্মি ফজরন্নি থায়নদি বিদায়গী সৌন্দু আশ্রমদে
ছুক্লিক হস্তিনাপুরাগ মছুং মনিপুরদা শিনব মুকুর,
আশ্রমদগী কন্যাহুক্কই মছুং সিংনবা থাবল চোংবি হৈনবা
মীকৈ লৈশাবীন শিন্নবা মংমসিদদি মপামদৈ কণ্বা
থিন্নসদাইদ বব ওইরিব হৈনো অমুনবহুন থাংজোক্কন
কান্নদোরিব মমা মপা, মক্লপ মপীজা, মান স্নোকচ-
রক চৌংদোংমচা, হুইনাও মচা, চোংডা ভেনব হু
য়েংবদ মমীৎপগী শীন্নুব পিরাংন্নু মুত্তমগী মৈশান
পরপ পবপ কংহন মনিল ঙনখি। মুরম অহুন কালি-
দাসকি ৪শুব দৃশ্যহুবু ইকাইহন্নবা কাজরবনি।

লীলা : Tank you Director. Please start artister.

(অনীশু চংখি)

মভাং ১

( খ )

হস্তিনাপুর কোন্নং

কন্নবব সিংহাসন, ফবাংজী থা'ব, লুহুব উপ নিংথৌ দর্ম্মতি ফম্লি, সনা ফিগে লুহুপ লীক মনাক্ত মেজ মচা ১/২ অচা অথক হাপ হৈ-না থক্রণ ঈশিং জা'ব গ্লাস ওইদা চৌকি অনানব ফবা জী থাব। না'ইৈ ফিংজং মপান ন ইব শেং-লিকাকোন শি ইন্নফি লমবাংখুল্লক ইন সনা খুজী শি শমজিবৈ থেং ফম্লি। মিংশেল অচৌব অমা খিনব উই, ফ লদ অচা অথক পানক-হৈ-লৈ কম্না ফজন ৎম্লি। মন্ত্রীন ফম্বব ও'ংবন মচা অম নিংথৌগি যেংওইনন থাবি। অনেম্ব খোন্দা পেনা বঁ'শী ইনিন শি।

নিংথৌ : কনা লৈগে ? খোঙঙ'ক !

খোঙ (চেল্লক খুকৈম্মি) : আজ্ঞা, সনা হাথং ?

নিং : অঙম-অথৌশিং কাবক্ত্রিবাও ? সেনাপতিদি ?

খোঙ : নোংচুপ্ত চীংমীশিংন লম থ'ব চেল্লও, লামী থবপু চংখি।

নিং : মন্ত্রীদি ?

খোঙ : ননাই ঐদি খঙজদে।

নিং : শেনাখনব কৌবকউ।

খোঙ : আজ্ঞা। (চংখি)

শৌশৌ : ( চেন্নক-খুকক্ত্রৈ ) আজ্ঞা, করি শনাযাথং ?

নিং : হুজিক ফাওব মন্ত্রীহন কাবক্তিব্রাও ? করিগি'না ? লৈবাক্কি ব'কৎ মল্লাম কনান ভাবিদৌবি ?

শৌ : মন্ত্রী অপঙবছুই মহুং ননাই ঐন জাজব রাগব্রা ?

নিং : অশি,ব মন্ত্রিগি মহুৎ শিন শেনাখনব অপঙব নঙন লৈবাক্কি রাযেন চৈবাক রাওংগ-সি নত্র ?

শৌ : মানি আজ্ঞা, মহুং শিন্নব হায়সি যম্ম চংনন থাইনদৈ। ল'ইতৌনগী থৌ তৌনবদ খোইরুনা মী'ৎমৈ, মীগি মহুং শিন, খুম যেন লেহ্লী' থা'ন, ভক্র' ভমু থাদোক্কে মীহুং শিন, মু উন শ।ব ল ই লাংনে গাইব মীন, খুংগম থম্মৈ গিজ্জা কযাদ ল'ইশঙ কযাদ।

নিং : অহুন নঙ হস্তিনাপুরগি মন্ত্রীহন মাইচৌগি মহুং শিনব যাই সনিনে ?

শৌ : মানি হে ম অজ্ঞ, হস্তিনাপুরগি মহুং মনিপুরন শিনবগুম মন্ত্রহনগি মহুং সেনাখনব মীতৈ নাইজহন ঐবু শিলহনবিম্ন মথৌদাং পুব কাবক্কবগি ?

নি : মৎৌ শুবদব অপঙবদো ?

শৌ : মহুংত ননাই ঐ অশি'ব শাজগে।

নিং : মন্ত্রী মহুং শিন্নগ শিংগজ্র। নঙবো ?

শৌ : মশান ভাবনি আজ্ঞা।

